অহাম্বা ফোংবা :

ফেব্রুৱারী, ১৯৬৮ ইং।




ফোংরিবা :

শ্রীমদন সিংহ,

নিত্যানন্দপুর, কাছাড়।

ছাপা :

শ্রীগোবিন্দ দত্ত,

জয়ন্তী প্রেস,

শিলচর, কাছাড়।



মখুম :

শ্রীঅনন্ত ভট্টাচার্য্য,

বিচিত্রা ষ্টুডিও,

শিলচর, কাছাড়।

লুপা অমগা মথায়।

৺পলেম্‌-পম্বৌ অনিগী থুম্নাথাদা।

তৌবিমল্ থংহনৃজবা :

কাওঙমদ্রবা পাওতাক্ অমস্থং মুৎঙমদ্রবা থৌশিন্ কয়াগী ইক্ষুৎতগী "শনবিক্ মচু" অসি পোকৃখিবগী থৌবম্ শিনবিখিবা মীওইশিংদুদা।

—লেংজবা।

ফংফম্ ঃ

কুসুম বুক্ ষ্টল,
ঝাপিরবন্দ, কাছাড় ।

আজাদ লাইব্রেরী,
লক্ষীপুর রোড , শিলচর,
কাছাড় ।

# লৈচন্

নংগী অমৃতগী মরিক্ অমত্তং ।

মতম্ অতুগী রানি :
তাইবংগা মঙ্গা, অনিমক
অমত্তা ওয়না চেল্লবা ইচেল,—
রাখল্গী উমংদা নংসু শাংলম্মী ।

শংফানবা মালেম্গী শনরিক্ মচু,
লংলানবা নোংগী তথক্নবা নোংথাং,
তনিকুলবা থমোয়গী চুম্থাং-জগোয়..
করিগুম্ব'মা ফংলবোয় নিংখি ।
কবি কয়াদি ঙাওখি,
ঐস্সু ঙাওনিঙ্ঙি,—
অতুবু ঙাওবদি হৈতে,
আতুনা ঙক্খি ।

নংনদি হায়খিবদায়,
অসিনি ফজবা, অসিনি নিংথিবা, অসিনি পুন্সী ;
অতুগী রানি রাকৎলিবসে ঙসি ।
কদায়,
কয়া'ম্না রাহনবিখরে ঐবু
নংগী পাওতাক্ অতুতনা ?
ঐগী থমোয়গী লৈরাংনা শাংলক্পদা
খোয়মু কয়া, কুরাক্ কয়া

ঐগী পাম্বোম্ অসিঁদা তোংলম্মী ;—
খংখিবরা নঙ্ ?
অমগী মথংদা অমা
মতুগী মথংদসু কয়া—
প্রমাণদি,
থমোয়দগী হৌরকপা মীৎলুগী লাইজতনি।

× × ×

মন্থরকুলে ঐগী থমোয়-লৈরাং অসিসু—
লৈরাং-লৈহৌ য়াওরকৃতরে,
লৈনম্তমক্ ঙাইরে।
ফংলরোয় ঙসিদি
লাইজা মরিক্ অমত্তং
ঐগী লৈকংলাগুম্নবা থমোয়'সিদা।

অতুমক্তদা,
পাইরক্ই কুরাক্ কয়া—
অতৈসু পাইরক্খিগদ্রা খংদ্রি।
বার্তোন্ য়াওদবা অতিথ্ ঙাকৃতনি...
পুম্নমক্সু পাম্মি'ইশিং মরিক্ অমত্তং,
মতম্'কুইনা• থকৃলকৃত্রবা,
নুংশিহৈত্রবা তাইবংগী চৈরাক্ ফংলবা,
থরাইগা হাকৃচাংগা খাইনগদৌরবা
য়ারবা ঙাকৃতনি।

অদুবু মখোয়দি খংদে—
ঐগী থমোয়'সি পাত্ নত্তে,
মরীচিকানি।

× × ×

ঐস্থু খোৗরাংনা ঙাইরিবনি মরূপ্
স্বর্গগী লাইজা মরিক্ অমত্তং।
ঐগী লৈকংলাগুম্লবা থমোয়গী তোর্বান্দা
মালেম্গী হৈরাং লৈরাং পুম্নমক্ হৌরসন্থ;
নংগী ইংলবা অমৃতগী ইচেন্না
ঐগী থমোয়গী লৈকংলাদা চেন্হুনা
অনৌবা স্বর্গগী অমরাবতী শেম্লসন্নু:
রারবা খোৗরাংলবা অতিথ শিং'সে
ঐগী থমোয়গী কুঞ্জদা পোত্থারগা
অবাবা কোকৃপা ওয়সন্নু।
অদুনবু নিবনি মরূপ,
নংগী অমৃতগী মরিক্ অমত্তং।

—মেহেরপুর, ৫।১২।৬৪ইং

# সিগারেট্

লৈর-লৈরদুনা পাইরিবা মৈখু অগি
ঙসিস্থ ঐবু কৌরি।
ঐগী মশিং নাইত্ৰবা পুন্সীগী মঙ্ কয়া
মৈখু অসিদা কেন্দ্র তৌরি।

ঐস্থ খংঙি মক্পপ্,
ঐস্থ নংদোনা লাকৃপনি
মৈরিক্ অমত্তদগী। ঙসিস্থ চৎলি
নংদোনা,
লোয়বা নাইদ্রবা চিরন্তনী খোংচত্তা।

রাখন্না লাম্বা ফংলকত্রবদা
মীৎকুপ অমত্তং পোথাফম্ থিরকৃপদা—
উইল্স্, ক্যাপ্ষ্টেন্, নাম্বার টেন্,—
মখল্ কয়া,
হ্যালো মাই ডিয়ার, ডিয়ার সিগারেট্,—
শোয়দ্রবনি মক্পপ,
নংতনি, নতোমতনি
ঐগী ডিয়ার, ডিয়ারেষ্ট্, হার্টিয়েষ্ট্,—
অদুনা নংবু নিংশিংবনি,
নংবুতা শোন্‌বনি।

পুন্সীগী বসন্তদি হৌখিগনি,
হৌখিবনস্থ কয়া ওয়ত্রে।
হৌখিবা কয়া অহুনা য়েকৃতুনা থম্রম্মী

নিংবা কায়বগী চৈনাখোল্ কয়া।
ঐগী থমোয়গী কাচিন্দা
ঙসিস্থ চিক্লকৃই কবিগুম্বা তীল্ অমা।
মীৎকুপ্ মীৎকুপ্ খুদিংদা
ঐগী থমোয়-সমক্রগী তোর্বান্দা
থেংলরি ঙসিস্থ ইথিল্ কয়া।

পুন্সীগী পামেল্না তেক্ত্রিবৈঙ,
প্রেমগী লংলানা তৎত্রিবৈঙ
শনজিং নাওপোম্ নাপদা
ঊন্গী লৈত্রেং হাপ্পদা
শাখপ নবা খোয়মুস্থ
নংগী লমন্ শিংলনি।
লৈরাংনা লৈকা ফল্লিবৈঙ,
তৌদ্রিগী খোল্লিক্ তৎত্রিবৈঙ
কুম্গী নোংখাক্ ফংবদা
মালংগী চৈফু-চৈথাদা
চিরোল্লবা নুংশিবস্থ
নংগী শকৃতম্ উৎলনি।

ঙ্গাজববা ঐগীদি
নংত্তনা মরূপ্নি ;
নশাগী নুঙায়বা, নশক্-নগুন কৎথোক্তূনা
ঐগীদমক্তা লেপ্লিবদি
নংতনি।
অত্তুনা নংবুতা নুংশিজৈ ;
নংগীদমকতা থাগনি থরাই।

নংগা ঐগা, ঐগা নংগা—
সৃষ্টিগী তোর্বান্দা ঐখোয় অনিতং
প্রলোয়গী খোংথাংদস্থ ঐখোয় অনিতং,—
শিবে শিমিন্না, চারে চামিন্না—
মহাপ্রলোয়গী মোংফম্দা
মৈথুগী ফুবা-দোলাম্না
ঐখোয় অনিগী শাক্ষীনি।

-মেহেরপুর, ৬।১২।৬৪ইং।

# বিদায়।

কায়নবতনা নংগী মীথোংন্ ওয়রিবনিকো
নুংশিবা।
অমম্বা-অঙানবা, অৱাবা-নুঙাইবা—
পুম্নমক্কী খোংকাপ-খুদিংদা
নংগী কাওঙম্দ্রবা পরি
নিয়মগী মনুং চন্থরবনিকো
পাম্মুবা।

নোক্না নোক্না কপ্পা
কপ্না কপ্না নোক্পা—
থমোয়গী তেংখন্না ফুরক্‌দা
মালেম্গী নোংজু-নুংশা কাওদুনা
নংবুদি নিংশিংদবা ঙমদ্রিবনিকো।

× × ×

মীৎলুগী লাইজা-ঈহৌনা
ঙসিন্থু প্রমাণ পীরি,
শনজিং-নাওপোম্ কিংথায়রখিনি,
মালেম্গী লৈকংলাদা অমৃত শিন্থরগনি,-
মতম্ অদুদন্থু নোক্লগনি নংনা
নপী তরং তরং চেন্না।

ঐদি পখিকৃনি,
চৎপতনা ঐগী ইথৌনি ;—
হৌখরে তাংকক্ কয়াস্থ,
পৎতুনা পুমৃহনা মাংখরে
লৈরাং কয়াস্থ ;
অদুবু ঐদি চৎলি, চৎখিগনি
মথং মথং —
খোংকাপ্ খুদিংদা
চিং-মুং, তু-খোং,···
কয়া লংশেকৃতুনা
নংগী পরিগী বাংমদা।

মদুদগী,
থমোয়গী লাইজনা কংথ্রবদা
মালেম্গী লৈকংলা লংশেকৃতুনা
শংফানবা থম্বান্মিচাক্ শিংবু তম্হনা
লুপ্খিগনি মহাকালগী গর্ভদা।
অদুফাওবদা
নংগী পরিনা প্রমাণ ওয়গনি
নিয়মগী শরিক্ খিংলক্পদা—
বিদায়তনা অলোয়বনি
বিদায়তনা অচুম্বনি
বিদায়তনা তিনবনি।

—মেহেরপুর, ৮।১২.৬৪ ইং।

×

## অলোয়বা খুদোল ।

নংগী মীনোক্ অমগীতনি
নুংশিবী,
ঐনা ঙাওরিবসে ।

মালেম্গী মালংনা ইংথরকপদা
পুন্সীগী সন্ধ্যাবাইরম্দা
কাওরেন ষষ্ঠী কয়াস্থ
মকোল্ তম্না চৎথরে ।
ঐগী পুন্সীগী অয়ুকৃতা
শেম্খিবা মংলান্চা কয়াগী
জমা খরচ :
মক্তম না হৌখ্রবদা
নিংবা কায়বগী চৈনাখোল্না
মীৎলুগী লাইজা কংখ্রবনি ।

কলমগী পাঙ্গল্স্থ য়াওদ্রে
ঙসিদি,
রাখল্গী ইপোম্দা তাওথবকুপা
হৌখিবা পুন্সীগী খুদোল্
: নংগী নুংশি-মীনোক্—
ঐগী থৌরম্ খুদিংগী পাঙ্গল্,
থবাইগী মিংশেল,...

ঐগী পুন্সীনা পন্দোন্ লোম্লকৃপদা
বাখল্গী ইপোম্ খুদিংদা
স্মৃতিগী খুদোল্ অতুগী মমল্
কবিনা পীগনি ?

পাম্বুবী,
লাইরবগী শেংখাও মারুবদা
মীৎলুগী লাইজা মরিক্ অমত্তমক্ ঙাইরম্মে
ঙসিদি ;
থমোয়গী অথোয়বা মমল্
থবাইগী অলোয়বা খুদোল্—
পীগী মরিক্ অসি'মতং
অরেম্বদা মাংহন্বিগনু ।

—মেহেরপুর, ১৩।১।৬৫ ইং ।

# নিঙমৃদবা য়াথনৃগী লৈরাং পরেং

খমুদে,
অস্থুক্ য়াম্বা কবিতা লৈরম্গনি—
ঐগী পুক্নৌদা।
মঙ্গী নুংশিরবা লৈনম দা
ঐগী তম্থিরবা বাস্তব—
মাগী ঈশৈতনি শক্লম্বা
ঐনা।

অহুবু ঙসিদি,
মালং-ইপোম্না য়াকায়রক্পদা
কাব্যগী খোন্জেল্ অমত্তমক্
তাবা ফংডি—
স্থব য়াওদবা,
পীগী ধাবাগুম্
কায়ববা থমোয়গী খোঞ্জেল্গা লোয়নবা।

সিদবা মপু ইবুঙো,
ঙসিদি ঙম্লমৃদ্রে নংগী লম্মন্ শিংবা—
তেক্থরবা ঐগী থমোয়দা
ফুইনা হৌরক্পা শজীবুগী নোংলৈ থুংলরে,
মীৎকুপ্ অমত্তমক্ ঙাইরে
ঐগী থমোয়গী শংজাও তেক্কদবা;
অহুনা ইবনি ঙসি
নংগী কবিতা।

পুন্সীগী বাস্তব-সমক্রুদা
ঐগী বাখন্‌গী কোংগোন্‌ তাওরম্মী
মতম্‌ অমদা।
লোয়বা নাইদ্রবা মতম্‌গী ইচেল্‌দা
ঐবু কোরক্‌লে ঙসিদি।
লৈরাংনা পোম্‌লি-পোম্‌শাৎনরিবে'
তম্‌থিরবা মালংনা নৈখায়বগুম্‌
নৈখায়রক্‌লে ঐগী থমোয়,
ঐগী মঙ্‌না মপুং ফাত্রিবৈদা
বাস্তব্‌কী স্ফুরা য়ুংদ্রিবৈদা,
নুংশিহৈতবা নিয়তিগী চৈবাক তনা।

পাম্মুবা,
নিঙম্‌হৌদবগী চৈনাখোল্‌ ময়াম'সিতনা
লেংঙম্‌বনি ঐগী লৈরাং-পরেং অসি।
হয়েং তাঙ্‌না কিংখায়থগা
নুংশি-ঈশৈনা লুপ্‌থবদা
থমোয়গী লৈরাং-পরেং অসি'মক্তং
জাহানারাগী ঙক্‌শমদা
হুক্‌পিরম্মু—
অসিতনি পাম্‌জবা।

—মেহেরপুর, ১৩।১।৬৫ ইং।

×

# তাজমহল্।

রা ঙাংগনু
মীৎকুপ্ অমত্তং—
মফম্ অসিদা।
তাও,
কনানো কপ্লিবসে
মীববা থমোয় কায়ববা খোঞ্জেল্না
নুংঙৌগী মন্দিব অসিদা।

পথিক্,
নুংশিববা মরূপ,
ঙাইহাকৃতদি লেপ্লম্মু
মফম অসিদা।
অসিদনি,
নিংথৌবেন অথোয়বা
শাজাহান্গী
মীৎলুগী লাইজা তাখিবা—
কায়ববা থমোয়গী কাচিন্দগী হৌবকৃপা
পান্দম্নিঙায় লৈত্রবা
পীগী মবিক্ অদো।

মম্তাজ্,
লাইবক চাওবীনি নংদি-
নংগী বা নত্তে
ঐনা হায়রিবসে।

থমোয়গী বীণানা তৎত্রিহৈদা
মীরবা মাগী খোঞ্জেল্ তাহ্না
লুপ্‌ থ্রবনি নংদি
মহাকালগী গর্ভদা।
নিয়তিগী চৈবাক্‌ ফংলবা
নিংথৌবেন অথোয়বগী
অবাবদি
নংনা কবি খংগনি ?
নংগী কাব্যলোক্‌তা ডাওববা
শাজাহানগী বীণাদি
মখোল থেক্‌ত্রে ডসি।

তাও পথিক্‌, তাও —
মীৎকুপ্‌ অমত্তং,
সুব য়াওদবা
শাজাহানগী
থমোয়-বীণানা খোংলিবসি,
মীববা কপ্পগী খোঞ্জেল্‌দা
মবোল্ থোক্‌তবা
থমোয় কায়ববা খোঞ্জেলনা।

মম্-তাজ্‌, মম-তাজ্‌, তাজ্‌ —
লোয়বা নাইদ্র ডসিফাওবদা
লোয়বা নাইবোয় কৈদৌহৈদসু,
লোন্থোক্‌তবা বীণাগী খোঞ্জেল্-
শাজাহান্গী অরেম্বা থৌবাং,

অমম্বা রাখল্—
নিয়তিগী তেন্‌জিন্‌দা
লোন্‌থোক্‌তবা
থমোয় কায়ববা খোঞ্জেল্—
ম-ম-তা-জ্‌ !

অহুবু শাজাহান্‌,
শিল্পী অথোয়বনি
নংদি,—
নংগীদি পাংগন্‌ লৈ ,
থমোয়গী বীণানা তৎথ্রবদা
শনজিংগী নুংঙৌ ফুক্‌তুনা
শম্‌গদগী লাকনবা,—
মালেম্‌গী তম্পাক্‌তা
নুংশিবগী ফুবা :
নুংঙৌগী মন্দিব
তা-জ-ম-হ-ল,
অংেম্বমক্‌ ওয়ববস্নু ।

অদুগা,
নংদি খংঙিবোয়,
ঐস্নু শেম্‌লি
ঐগী থমোয়গী তাজ্‌মহল্‌ অমা,
ঐগী থমোয়দগী হৌবকৃপা
মীৎলুগী লাইজতনা
য়ৈখৎতুনা—

মপুগী শক্তম্ লোত্নুনা।
হয়েং লোয়রগা
উবা ফংগনি শোয়দনা :
নংগী তাজ্দগী
ঐগী তাজমহলনা অহেন্‌বনি—
ঐগী'সিনা অথোয়বনি ;
মতম অচুতবু ডাইবনি।

—মেহেরপুর, ১৪।১।৬৫ইং।

৺রবীন্দ্রনাথকী

## শাজাহানগী নুংশি-খুদোল।

মাংহন্‌খ্রবনি নংনা
নিংথৌগী নাপল্ পুম্নমক্—
শাজাহান্ ;
নংগী অশেংবা আশানা
মীৎলুগী লাইজা মরিক্ অমগুং
নুংশিবগী অথোয়বা খুদোল্—
লেঙঙমদ্রবা তম্পাক্তা
কাওঙমদ্রবা মাগী মমল্—
অসি'মতা।

নুংশিহৈতবা মতম্দি নোক্লি
অপংবা থমোয়গী থৌরাং
উরগা,—
রারবা. খৌরাংলবা লান্ফম্দা
লেঙ্ঙম্দ্রবা স্মৃতিগী ফুবা য়ুংনবগী লাকনবা—
অপংবা থৌরাং
তমথিরবা ঈহুন্গী মাংদা।

হে নিংথৌ,
নংনা মতম্বু শুন্হৎলবনি।
তৌঙমদ্রবা কলাগী
নিংথিরবা খুদম্ উৎতুনা
চল্লবনি মাবু
কৈশুম্শংদা
মথুৎ পুন্হনা ;
অদুগা,
শক্নাইদ্রবা মৃত্যুগী কোক্তা
উপ্পিরবনি নংনা
ফংঙন্দ্রবা শোরারেন্গী লুহুপ।

অহিং তাংলো থেংথ্রবদা
নুংশি মাগী নাকোংদা হায়খিবা
নংগী অলোন্বা বা—
লোন্না-থুপ্না
অমসুং চেৎনা-চান্না,
তাফদ্রবা
অমসুং কাওঙম্দ্রবা—

অমত্তা কায়দ্রি পুম্নমক্,
য়েকতুনা লৈবি নুঙ গী তম্পাকৃতা
ঙসিফাওবদা।

চহি কুম্‌জা কয়ানা হৌখ্রবদা
মালেম-লৈমগী তম্পাকৃতা
নিংথৌরেন্ কয়াদি তিন্‌খবে
লৈমায়থক্কী লৈঙ্কুন্‌দা ;
তৌইগুম্বস্নং,
অতিয়াগী থবান্‌মিচাক্‌শিংবু য়েংদুনা
অৱা' শোর-শাং হোন্‌দুনা
ঙসিস্থ শোল্লি
অতৎপা লৈতনা
নুংঙৌ অসিনা—
"ঐ কাওদ্রি।"—

"ঐ কাওদ্রি!"—
তৌইগুম্বস্নং,
পুন্সীদি কাওখিগনি ;
করিনা,—
মাবুদি কৌরক্‌লি
লোয়বা নাইদ্রবা চিরস্তনী খোঞ্জেল্‌না,
অমস্নং
মাদি চৎখি
লোয়বা নাইদ্রবা মাগী খোংচৎতা :
পুখিদে করি'মতা—

নৈলেহৌই পুন্নমক্
নিংথিরবা থৌরম্গী মওংদা
অমত্তা কান্নদনা
মাগী লেংফদ্রবা স্মৃতিদি।

—অনুবাদ ; মেহেরপুর, ১৫।১।৬৫ইং।

×

## ইনুং শোরা।

ঐগী মীহুৎথোংগী নাক্চিদা
খংহৌদনা চংলম্মী লহান্ অদো
পীক্লবা থাবল্গী মশেক্ অমত্তং।
তাংলোগী অচিক্পা থুগায়দুনা
হংলম্মী মানা ঐঙোন্দা—
ক'ম্দৌরিবগে নংবু?

থাখল্গী বাংমদা
ইংনা নৌরবী মাগী মাথোংতবু
য়েংলম্মী ঐনা
অঙকৃপা মীৎয়েংগা লোয়ননা-

পাওখুম পীবা ঙম্খিদে।

× × ×

মঙ্গী বাংমদা নিশিংঙি মাবু
ঙসিস্নু,
অতৎপা লৈতনা—
পাওখুম্ থীবা ফংদ্রি।

—মেহেরপুর, ১৫।৮।৬৬ইং।

# ঙসিগী অহিং।

নংস্নু চৎলি, চৎমিন্নরি ঐগা,-
চংখিসি
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
থমোয়গী নুংশি-ঈহো—
পান্মুবী;
মংলেম্গী বা নত্তে
থ:মোয়গী লাইজগী বানি—
হে কবি।

কবিতাকুঞ্জ কায়খিশনু,
কবিগী কলম্ তেক্খিশনু,

অতিয়াগী থাজম্নু লুপ খিশনু—
করিগী ৱারিবগে ?
ঙসিগী অহিংনা হয়েংগী পাওজেন্ চেন্দ্রিদৈ,
অতিয়াগী থবান্ মিচাক্ শিংনা নোক্লিদৈ
থাবন্গী করি মথৌ তাবগে ?

কবি,
তুম্জুনা লৈখো ঙাইহাক্তং—
কোবৌ-মঙাল্ থোক্লক্ত্রি,
তম্য়া-কোবি চেল্লক্ত্রি
নোংপোক্-ইচিক্ হুল্লক্ত্রি—
নংগী মতম্ ৱাৎলি।
ঐগী থমোয়না পোথাবিদৈ,
প্রেমগী লংহী তাদ্রিদৈ
কবিতা তানিংদ্রি।

ঐ চৎলি কবি, ঐ চৎলি —
উমংগী লিক্লা শিন্থবক্ত্রি,
তাংলোগী অচিক্পা থুগায়জুনা
হাবোগী খোন্জেল্ শিল্লকত্রি,
মলয়া নামিবা পোথারি—
ইরক খিনু নংগী কবিতা।

নুংশিবী,
ঙসিগী অহিং অসিদনি
ঐনা তম্‌গদবা নঙোন্দা—
মতম্ কুইনা শেম্‌জরক্‌লবা
লোম্না-থুপ্‌না থম্‌জরক্‌লবা
ঐগী অলোনবা রা—
নমিৎ উইশমুকো পাম্মুবী।

ঙসিগী অহিংনা চৎপ্রবদা
লৈনম্‌পুবী মলয়াগা লোয়ননা
কবিস্থ য়াকায়রক্কনি—
স্থর্ য়াওদবা কাব্যগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা ;
ঙসিগী অহিং লাক্‌লরোয় অমুক হন্না।

—মেহেরপুর, ৭।৫।৬৭ইং।

×

# থরানুমিচাক্কী মীনোক্

তারম্দায় নুমিৎকী
স্না-মঙালুনা টলতেংলবা তম্ময়াথকৃতা
শাখপ্‌ননা পায়রম্মী লহান অদো
চেক্‌লা কয়া ;
'শিংনাইত্রবা আশাগী শৈরেংলোক্‌তা
লোন্‌থোক্‌তবা নিংথিবগী শাইনোন্
অতুগা,
ঙাওচৎনবা নোংগী লংলানবা লুহপ্‌—
অসিগী মরোল্ :
চায়খায়তুনা লৈরিবা
লৈনম্ চেন্‌বা নামিবগী ইংলবা থৌগন্—
ঙসিসু লৈরি ।
অঙক্‌পা-অপেন্‌বগী শোরশাং হোন্‌তুনা
ইন্‌খৎলক্‌পা নোংলৈগী ঈরৈথক্‌তা থীরুই,
পেন্‌থিত্রবা খৌরাংলবা থমোয়গা লোয়ননা-
মাগী মমল্ ।

× × × ×

কোরৌনা তুম্‌থুন্ তান্‌থ্রবদা,
মারবা চোক্‌থরবা থমোয়না হল্লক্‌পদা
মরেক্ কারবা হুমাংগী লৈচিল্'রক্‌তা
মঙ্‌-ওই, হা-ওই,
সরাব্‌কী নিশানা লেক্‌থরবা নাকোংনা
ভাবা ফংখি—
লক্‌লি লক্‌লি থোক্‌লিবা

থরান্মিচাক্কী লোয়বা নাইদ্রবা মীনোক্।
অতুগা,—
সুর য়াওদবা হাবৌ-খোঞ্জেল্না নিকুলবা
অহিংগী ইচিক্ তাল্লিবা উমংসু
মঙ্গী কোনুংদা ফম্থনা
তাংলোগী অচিকৃপা থুগায়তুনা
পাওমেল্লকৃখি :
বসন্তগী লৈবাং-লৈশং,
শরৎকী শিংগাবৈগী সন্ধ্যা-আরতি
অমসুং
কবিগী ঈশৈ,—
পুম্নমক্ অবেম্বগী থৌবাংবা ?

× × ×

পোথা'হৈতবা পুকৃনিং ঐগী,
নোকৃউ, ঙম্লিবঙৈগী নোকৃউ—
কোয়বগনু অমুক্ ;
তাংলোগী অচিকৃপা লেল্লগা
অবেপ্পা পাওদম্ পীবগনি শোয়দনা
ঙসিগী অহিংগী ঙৌক্লনবা থরান্মিচাক্কী
লোয়বা নাইদ্রবা মীনোক্'সিনা।

—মেহেরপুর, ৪।৫।৬৭ইং।

## কেন্থিবা উনা'মদা।

কেল্লেদো ঙসিদি
ইংলবা নিংথম্গী নাকেন্-থাদা
মালেম্গী অৱা-মৈচাক কোক্তুনা
পুন্সী-পন্দোন্ লোম্লেদো।

চৎলো, পোত্থাবগম্ন, চৎলো—
অতিয়া-মণ্ডল্ শিৎনা
মপুগী থৌবাং য়েংলুরো।
লাইবৈৰাক্কী লৈবাং-লৈশং,
পাবিজাত্কী নুংশি-লৈনম্
শিন্-থুংনা লৈতেংলিবা
মালংবগী নুংশি-থৌগন্—
য়েংলুবোকো নুংশিবা।

মমলবা অহিংগী অস্থকপা লম্বীদা
মতম কুইনা লম্বী লম্মুকনখিবা
কাওৰগনিদো ঙসিদি;
কাওখবোকো পুম্নমক্:
ঙাবাংগী তাংলৌ অহিংদা
ঙাওচৎননা চৎলম্বা—
উমংগী হাবৌ-খোঞ্জেল্দা
খংহৌদনা মাংখিৰা
পাক্-চাওরবা অতিয়াগী লৈত্রেং-

তবংগী ইংখোল্দা ঙাল্লম্বা
তনিক্ তনিক্ পকৃলম্বা
নাবক্কী লিকৃলা-মবিক্
মতমগী নোংলৈ-খোংশান্দা
খংহৌদনা তিন্থিবা—
নিংশিংলনিদো ঙসিদি।

শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা,
কোবৌগী শকতম নাপদা
লৈম-শিজা তবেৎনা
শলাই-লৈত্রেং হাপ্‌তুনা
নংগী দোলাই থাবক্‌লি।
ঙসিগী মালং-ইপোমদা
পাঞ্চজন্য লিশিংনা
মপুগী থোজাল্ ঙাক্‌তুনা
নুংশি-খোঞ্জেল্ শিল্লক লি;
তাবনিদো ঙসিদি।

তৌই গুম্বস্নং,
থবাইগী মমী তম্লম্দায়'
প্রেম্গী শবিক্ খিংলক্‌পদা
নূবাগী শাইনোন্ নাপদা
নুংশি-খুদোল্ তম্থিবা
লৈহাও-লৈরেন্ মুংশিবী—
তবংগী লৈত্রেং হাপ্‌খিবা

অমম্বা উমংগী লৈকোল্দা
মালেম্না তুম্শিং তান্দ্রিঙৈ'
কাব্যগী লামায় য়েক খিবা—
করিগী থৌশিন্ কৌবগে ?

চংলো, পাম্মুবা,
পোথাবগনু—
অমং য়াইথোং বাংমদা
শোবাবেল্গী কোনুং য়ৌদ্রিঙৈ
স্বর্গগী নন্দন্ কাননদা
নংগী দোলাইনা থাদ্রিঙৈ
নুংশি-ঈশৈ তাখিনি।

অদুগা,
দোলায়গী খোংচৎ লোয়রগা
পারিজাত্কী লৈনম ফংবদা
লৈচিন্-নোংফাই মবক্তা
প্রেমগী মৈবা থান্দুনা
শনজিং-নাওপোম্ য়োগনি।

মতুদগী,
কাব্যগী লামায় নাপদা
পেন্নাগী চৈজ্জীংনা খিংলক্পদা

প্রেমগী চৈতপ্ রাংমদা
উমংগী হারো য়াকায়রক্কনি।

× × ×

নংগী পাওদম্ ঙাইহৃনা
অমম্বা মালেম্গী লৈকোল্দা
থম্বাল্-থরো শাৎলিদো—
তম্লোয়াওকো নুংশিবা।

—সোইবম্ লৈকাই,
১৩,৭।৬৭ইং।

# শনরিক্ মচু।

ঙাবাংগী ইংলবা উমংদা
ঝাক্‌চিংগী লিক্‌লা চাখিবা,
খোংথাং খোংথাং খুদিংদা
মীনা উখিনি কীখিবা—
থমোয়দা তুজুং' পোক্‌খিবা,
খুজীগী মখোন্না নিক্‌খিবা—
ঝাজথ্রবনিদো নহাক্‌তি।

প্রেমাভিসারিণী রাধিকা,
জটিলাবু কীখিববা ?
শুক্‌লবা নিকুঞ্জ বন্‌দা
মুরুলি-খোঞ্জেল্ তাবদা
বসন্ত-মালতী লৈরাংদা
নংনা করি পাওদম্‌খিবগে ?

জগোয়শাবী বাসবদত্তা,
ঝারুগন্থ করি'মতা,—
কবিগী কলম্ পোথাদ্রি।
কাব্যগী শৈরেং-খোল্লিক্‌তা
তোম্‌শাৎনবী মালতীস্থ
মরোল্-মপাও তম্‌লক্‌লি।

নিংথৌ-ভুবেল অচৌবা,
কবম্বা চীংগী লোক্তগী
চেল্লক পনো নহাক পু ;
নঙাক্কী লৈবাং-লৈকোল্দা
কবম্বা লৈবাং শাৎপনা
লৈবাংবীগী থমোয়দা
প্রেমগী পাওতাক্ পীবিবা ?
নত্ত্রনা,
কবম্বা অমৃতগী ইচেন্না
নংগী নপুক্ থন্‌ডুনা
তাইবং তবংদা শাৎলিবা
মাধবী-মালতীনা ঙাওবিবা ?

× × ×

লৈবাংবীগী য়েন্দাইদা
তখেল্লে পবেং অচুম্বা
উবীবৈ-চিংগোংলৈ ফজবা
লৈবাং কয়ানা ঙাম্লিংঙি ;
কোবৌ লৈমবেন্ নাপদা
প্রেমগী কোলোয়-নাচোম্ ওম্ব
ভক্তিগী হৈরুক্-তাংলাদা
লৈবাংগী থমোয় কৎনিংঙি।

উমং-লৈবাং শক হেন্‌বী,
নংগী শাইনোন্ মরুম্‌দা
নোংলেন্ কোবৌ লোৎখ্রেদো।
চেকলা-শাখপ্ লোয়খ্রিদৈ,
কোলোয় মপাও তাদ্রিঙৈ

তাইবং-ইপাক্ ইয়াইদা
থম্বাল্ লৈরেন্ লৈকাদা
লিক্লা শানপ্ হুন্থ্রেদো
মালেম্না তুম্শিৎ তান্থ্রগা
খোংজি মখোন্ তাবনি,
কোয়ৌনা তুম্খুন্ তানখ্রগা
শনরিক্ মচুনা ঙান্বনি।

× × ×

লৈরাংবীগী লৈহেক্তি
তাইবং-মালং খংফদে।
ম্নালং শহুম্ ফংদবা,
মীচিক্ মীয়াওখোল্ তাদবা
য়াইবী-কোলোয় শকফ্রম্ ওয়-
শয়োই নাহুম্ য়ৌদবা,
খোয়ুম্ মপাও ফংদবা
নোংথোম্বীগী লৈকোল্দা
ম্নাগী থম্বাল্ চামনা
ম্নাগী মঙাল্ শিন্হুনা,
ম্নাগী লৈনা খুদিংদা
ম্নাগী লিক্লা চায়হুনা,
ম্নাগী চামোর পাইহুনা
মলয়া থৌগন্ তৌরিবা,
শীজা লোক্তা অথোয়বী,
লৈরাং লোক্তা শক্হেন্বী,
কোলোয় য়াইতম্ তাবদা
তাইবং-মালং ঙাওরিবী—

নাইত্তোম্ শাৎপী লৈরাংনি
লৈবাংবীনা তান্‌বদি।

অতিয়া গুরু সিদবা
চীংশান্ নাওপোম্‌দা ঙাল্লম্বা,
লোইদাম্ খোংচৎ লম্বীদা
কনাগী খোংগুন্ লীবনো ?
পাবি-নমোম্ ময়াম্‌না
প্রেম্‌গী কোলোয় শক্‌পদা
তোম্‌শাৎনবী কনাগী
কবম্বা মবাল্ লৈবনা
পায়মা পুক্‌খন্ থীবগুম্
তাথি-তাবাক্ তৌবগে ?

নূবা মাগী পুক্‌চেল্‌দি
পম্মৌ-থোগন্ পাম্বীনি,
অয়ুক্ ঙন্না হৌদ্রনা
লৈবাং-লৈকোল শেম্বীনি।

পম্মৌ নংনা তুম্‌থ্রগা
মালেম্-শংজাও কাচিন্দা
অমোৎ-অরাং তাহৌবা,
য়াংগোয় শজিক্ থম্ফম্‌দা
চরু-চনাই ষাৎহৌবা—
পম্মৌ নংগী নমোম্‌লোই

থাদোয় মাগী থৌরাংওয়—
ৱাত্ত-পাদনা লৈতেংবা
লৈরাংবীগী থৌরম্নি।

শনজিং-নাওপোম্ নামদা
য়াংগোয় দোলাই চন্দ্রিরৈ
প্রেমগী শরিক্ খিংহুনা
মপু মা'ক্পু থৌগন্বা,—
পম্বৌনা খোংশান্ তম্লমদায়,
মাগী ঙক্তা লৈতেংবা
তুলসী পরেং অচুম্বা,
কুন্দো পরেং ফজবা,
পম্বৌগী লাইবক্ শুমাংদা
য়াইফ-পাওতাক্ তাক্তুনা
শনরিক্ মচুনা লৈতেংবা—
থাদোয় মাগী থৌশিন্নি।

× × ×

বাসবদত্তা,
নংগী মাইথোং থম্বাল্দি
লৈহাও-লৈরেন্বু ঙম্জরি,
নংগী পোলোয়-শাইজিন্দা
মাগী থম্বাল্না থৌগল্লি।
খোংথাং খোংথাং থুদিংদা
নংগী ঙক্কী লৈতেংওয়,
শনরিক্ পরেং অচুম্বা
তনিক তনিক নিক লক লি।

নংগী চোয়জায়নবা শম্লাংনা
ভাইবং-মালং কুপ্পদা
চেংহী-উতী মনম্না
তাইবং তরং শুম্হৎলি।

প্রেমাভিসারিণী,
নংগী মীৎমা-থম্বাল্ অনিনা
তথক্ তথক্ য়েংবদা
উমংগী শজি-শনাইদি
ইকাইড়্না লোৎথ্রেদো।

ইকায়' হৈতবী নুমিৎলৈ,
করিগী মাইথোং লাংবগে?
পোলোয়-লৈত্রেং ওয়নবা
শীজা মাগী থৌজাম্না
কুন্দো-কবোক্‌লৈ কয়ানা
হায়না হুম্না শাৎপদি
নুংশি-লৈচন্ ওয়বদা
নূরা-শাইনোন্ নাপদা
পাম্মু মাগী থৌগন্ ওয়—
শনরিক্ মচুনা লৈতেংবা
খুম্না থম্বাল্ অনিদা
অরাল্ খুভম্ ভাক পনি।
মালেম্-লৈরং কাহ্নদা
মৈথু-লৈচিল্ ময়ক্‌তা

থামী মৈশা লাংখিবা,
কোয়ৌ-শক্তম্ য়েংহুনা
য়াইবী থাংতপ্ চিংহুনা
প্রেমগী ভিক্ষা নীখিবা—
কোয়ৌ মানা লুপ্থ্রগা
করি পাওদম্ ফংহুনা
উমং-ইকাইথীবীগুম্
করিগী নয়াই লুক্পগে ?

শনরিক্ মচু ফজবা,
নংগী থৌগন্ ঙাক্পদা
নূরা মাদি থারেদো।

তফিং তফিং চৎলদি
জগোয়-খোংথাং কায়খিনি,
খোংজি-মখোন্ তারদি
পস্থো-চৈরাক্ ফংগনি।
মপু-নাক্তা য়ৌদ্রিঙৈ
জগোয়-খোংথাং কায়রদি
তাইবং-শরি নামুংওয়
পাম্মু-থৌগন্ ফংঙোয়দো।
পস্থো-চৈরাক্ ফংহুনা
থোংলোন্ মাপন্ মহুংদা
পুন্সী-মাইতেম্ থোকলদি
শরি পন্দোল্ লোম্ম্রিঙৈ
প্রেমগী মৈরা মুৎকনি।

ঈশৈ-হন্বী,
পম্বৌনা তুম্শিং তাল্লিবৈঙে,
মালংনা খোইঙাং শাব্রিবৈঙে,
প্রেমগী লৈরাং-লৈকোল্দা
শনরিক্ মচুনা ঙান্খিনি।
লৈরাংগী লৈচল্ ওয়নবা
জগোয়গী খুৎথেক্ চানবা
মপুগী নুংশি-কোলোয়দো
শক্খৎলুকো পাম্মুবী।
মপুগী থোগন্ ঙাক্তুনা
নুংশি-কোলোয় শক্তুনা
প্রেমাভিসার থোক্পদা,
তাইবং ইরাওখোল্ তাব্রিবৈঙে,
কাক্না লম্থাং তম্ব্রিবৈঙে
তাইবং-মীনোক্ চংফদে,
পম্বৌগী চৈরাক্ কীফদে।

বাসবদত্তা,
কীরুগনু করি'মতা।
নংগী থমোয় 'নুংঙ্দা
পাম্মু মাগী মমীওয়,
শনরিক্ মচুনা ঙাল্লিবৈঙে
তাইবং-চৈরাক্ কীফদে।
পম্বৌগী শংজাও নাপদা
চেকল্লা-কোলোয় তাব্রিবৈঙে,
মালেমগী উমং-কোনুংদা

মলয়া পাওদম্ শিন্‌ত্রিথৈ
কবিগী কলম চৎখিনি।

উমং-চেক্‌লা অপংবী
নংগী পাওদম্ ভানিংত্রি,
খরগা তুম্‌শিং তান্‌জখো।
মালংগী তরং ইথক্‌তা
নংগী ম্নাকায়ম্নোল্ হৌরদি
কাব্যগী লৈত্রেং কায়রনি।

—মেহেরপুর, ১০।৮।৬৭ইং।

×

পোথাখিসি।

# ৱাহৈ খৱদং।

পাবিৱিবা মরূপ-মপাং অমসুং অখং-অহৈশিংদা নিংশিংজবা অমদি —কবিতা খবা অসিতনা কৈদৌউংদসু কাব্যগী লাইৱিক অমা ওয়বা ৱাবা নত্তে। লাইৱিক মচা অসিনা সাহিত্যগী লৈচল্ ওয়ৱুগনি হায়বগী ৱাখন্দা লাইবিক্ অসিগী খোৱাং শিন্নুবসু নচ্ছে। পুন্সীগী অখা-অৱাক্পা মতম্ কয়াদা ঙাওৱি-ফৈৱিবা ৱাখল কয়াগী লংজিন্দগী ডায়ৱীগী লামায় কয়াদা খোৱি-খোৱাং খৱদং খোংচন্জখিবশিংদুবু ফোংদোক্পগী লম্বী পীৱুবগী ৱাখন্ থোয়দোক্পা তৌজৱুদে। অদু-মক্পু, মতম্ মতম্দা য়াম্না লুনা তিন্নজৱুবা মরূপ-মপাং কয়াগা মতম্ লেন্বা ওয়না ডায়ৱীগী লামায় অম'নি হাংদোক্তুনা নোক্মিন্নবা অমসুং হারাওমিন্নবা কয়া য়াওখ্রে। ইশাগী ঙাওৱি-ফৈৱিবা পুকনিং মতম্ অমদা ফাবা ঙম্খিদতুনা লাই'ৱক্ অসিদা য়াওৱিবা নিঙম্দবা ৱাখন্গী লৈৱাং পরেং' অমসুং 'খৱান্মিচাক্কী মীনোক্' কৌবা শৈৱেং অনি অসি ইংৱেজীদা অমসুং বাংলাদা হন্দোক্তুনা 'Garland of Dead Thoughts' অমসুং 'তারকার হাসি' হায়বা মীংথোন্দা মতম্ অমদা ফোংদোকচখি অমসুং মরূপ-মপাং কয়াগী থাগৎ-খাদবা ৱাহৈ কয়াসু তাবা ফংজখি। তৌবগীদি থাগৎ-খাদবা ৱাহৈশিং অদুবু পাম্জৱুবনসু উৎচৱুবা নৎখিদে। ছাত্রমচাশিংনা article পীদবা য়াদে হায়দুনা তকশিল্লকপদগী খাংঙম্দ্রদুনা মণিপুরী লোন্দা লৈবা শৈৱেং অনি অসিবু হন্দোকতুনা পীখ্রগে হায়দুনা খল্লুবদগী পীখিবনি।

লাইৱিক্ অসিগী মনুংদা য়াওৱিবা ৺ৱবীন্দ্রনাথকী 'শাজাহান্গী সুংশি-খুদোল্' কৌবা মীংথোন্ অসি ইশামক্না থোনজখিবনি। ৺ৱবীন্দ্রনাথকী English Edition পরেংগা থেংনজৱুবা মতাং অমদা

কবিগী Lover's Gift and Crossing কৌবা লাইরিক অমবু মতম্ অমদা হাংদোক্‌চরুই। মতম্ অদুমক্তুদা ঐগী থমোয়দসু মমল্ য়াওখিদবা শক্‌খংদবা পীগী ইথিন্ অমা থুংলবগী মতাং অমা ওয়না থোক্‌খি। পীথোক্‌লগতা নুঙাইবা, অমসুং নৈজবা পুম্নমক্তা মমী ফাওবা থম্‌হৌদনা পীথোক্‌খিবদগী পুম্নকোক্‌. কোক্‌লে হায়বদু ওয়রগতা খোঙাইদগী 'অপেন্‌বা' হায়বদু ফংজবা,—অসিগুম্বা অপেন্‌বা ফংবগী ইনিন্‌দা উংখিদুনা শক্‌খংদবা পীগী মরিক্‌ কয়াগা থেংনরুবগী তাংকক্‌ অদুমক্তুদা, কবিগী ঈশৈ তাবা ফংজখি—

You allowed your kingly power to vanish, Sajahan; bnt your wish was to make imperishable a tear-drop of love.

পুক্‌নিং অসি ফাবা ঙম্‌খিদদুনা কবিগী শৈরেং অসি হন্দোক্‌চরুরে; অদুবু শৈরেং অদুগী মমিংদি লাইরিক অদুদা য়াওদবনিনা, কবিতা অসিগী মীংথোন্‌গীদমকতা ঙাইহাক চম্মম্নখি। অদুমক্‌পু, মতম্ অদুগী পুকনিংগী ফিভম্‌গা চূনবা ওয়না, কবিগী শৈরেং অসিগী মাইহৈশিংগা খজিকতং চাননবা খন্‌দুনা 'শাজাহান্‌গী নুংশি-খুদোল্' হায়দুনা থোন্‌জখি। মতাং অসিদা কবিগী মফমদতা নত্তনা অখং-অহৈশিংগী মকাদসু ইশানা অলান্‌বা শিন্‌জরে। ইতিক্‌-ইপা চাদনা শৈরেং অসিবু হন্দোক্‌চরুরিবা অসিমক্‌সু অখং-অহৈশিংগী মকাদা লংজবা ওয়না থোক্‌লবনি। অসিগীদমক্‌তা ঙাক্‌পিগনি খন্‌জৈ।

অলোয়বদা, অমুক্তা হন্না হায়জরি,—লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী সাহিত্য-লৈকোন্দা লৈরাং অমা ওয়না শাৎলুগনি হায়বগী য়াথন্‌দা শিন্‌জরুবা নাচ্চদে।

সাহিত্যগী পাক্‌-চাওরবা ইপাক্‌তা ইতিক-ইপা চাদবা ঐনা অদুক চাওবা য়াথন্ খম্নুবদি ইশাগী ঙাক্‌পিহৈদ্রবা অলান্‌বা ওয়গনি। মক্লপ-

মপাং অমসুং ইচল্-ইনাওশিংনা মুংশিন্ চাক্-ইশিং চায়গা সংসাফ্রন
অকন্বা থৌরম্ কয়াবু ঙাইহাক্তং কাওথোক্তুনা মীৎকুপ্ অমত্ত
পোথাগদগী ফমুংদা কাথৎলগা তুম্থিগে হায়দুনা টৌনিক্-পীল্ থীয়ক্প
মতম্দা লাইরিক্ মচা অসিনা তুমগী হোমিওপেথিক্ডোজ্ অমত্ত
ওয়না থোক্লবদি হোৎনজরুবগী মহৈ মাল্লে হায়না হায়াওজগনি।

মরুপ-মপাং অমসুং অথং-অহৈশিংগী পাওতাক্ মতম্ থুদিংদা ঙাইহনা লৈজরি।

— শগোন্শেম থবল ;
২৭।১।৬৮ইং।



পোখ্নারসি।